# থৌবালগী অনৌবা শৈরেং

ইরুবা :— শ্রীলৈশাংথেম মণী সিংহ
থৌবাল বাংমা ভাবা, ক্লাস viii
পোপুলার হায়স্কুল ।

অহানবা কোংবা
কোপি ২০০

মঙ্গল জুলাই '৬৪

Printed at the Tarun Printing Works, Imphal.

"খংহনজবা"

হৌরকপিবা নহারোলশিংসে, খাইগী ভেলুদা মথোক্লনা তৌগদবা থবকতি রাখল খনবা তম্বা অসিনি। রাখল খনবা তম্বদা দৃশ্য য়েংবা তাই। দৃশ্য য়েংবা অতুম্বু অতৈ লমসিংদা চংকদবা নত্তে। নংনগী নরৈকাইদা লৈবিবা মমাংঙৈগী অরিবা ফুবাদালান, অসিগুম্বা ময়াম অসিদা য়েংলগা রাখল খনগদবনি। রাখল খনবা হৈববদি নশা অতু শান্তি পাম্লক্কনি। অহংবা পাম্লক্কনি। শান্তি পাম্লক্লবদি থবক খুদিংমক নিংথিনা চংথবা য়াগনি। অমসুং য়াইফবক্কনি। য়াইফরবদি পৃথিবী অসি চাও-খৎলক্কনি। অমগা অমগা পুকচেল থোইজেল তিন্নতুনা পৃথিবীগী চাওখৎননবা হোৎনগনি। ময়াম অসি পাংথোকপা ঙম্বা অউবা পোৎ খুদিংমকপু য়েংলগা মুন্না খনবা তাই। রাখলবু খল্লবদি নশা অতু শান্তি পাম্লক্কনি। কাওগনু নহারোলশা। শান্তি শান্তি। শান্তি লৈবাক ভারতনি। পুকচেল তপ্পা ইমনি। পুক চল তপ্পাগা মচা ঐখোয়নি। করিগী ঐখোয়না ঙমলোইদবগে হোৎনবনবু তোকত্রবদি হোৎনবীযু নহারোলশা শান্তিবু পৃথিদা থম্বা।

ইতি—

ময়ামগী—

শ্রীলৈশাংথেম মঙ্গৌ সিংহ

থৌবাল রাংমা তাবা।

# থোবালগী অনৌবা শৈরেং

## নোংজুথা

অন্নাবগীদি মরুপলোয় ।
লৌমীগীদি চান্নবা ॥
জাতি কয়াবু কনবীবা ।
অশেংবা মরুপ্পি নোংজুথা ॥

ইনাক খুনবা কয়াসু ।
ফৌবু থিবা হৌরক্লে ॥
লাইরা লৌমী কয়াসু ।
তোয়না হেল্লে চরা ॥

লৈত্রবদা ক্ষৌ নংবু ।
অফাওবা নেত্তা কয়ানা ॥
রাংনা খল্লম্বা রাখলদো ।
মাংখিনি শোয়দনা নোংমদি ॥

নোংথক্তা পাইরিব এরোপ্লেন ।
কংফালদা চৎলিবা রেল গাড়ি ।
মসিবু পুথোকখিবদি রাখলনি ।
রাখলগী মরুদি চিঙ্খাক্কি ॥

নোংজুথা কৌবী নহাক্না।
অহাবা মাক্লাদগী তীরদিন্দু॥
মকম খুদিংদা চৎতুনা।
য়েল্লি অমৃত লাইজ॥
থক্লদুনা লাইজ ঈশিং।
লবুক্তা তাথবা মরুশিংনা॥
হরাও মেয়োলগা লোক্নদা।
জগোই শাদুনা লেপথংলক্লই॥
ফারক্লে নৈশাবী মপুং।
য়াম্বক্লে চহুম চহুম ফৌ চরোং॥
পোইহুদা পুন্সিগী লোইনবা।
থাজখরে মমা মপানা॥

---

## পোয়ন্থু থা

থিংবা ঙমজবা মতম্না।
হন্না কাওবা য়েংঙমদা।
তেক হাল্লবা খোনজেলনা।
মাইওয়নহুনা চংখিদা॥
মতমগী ইচেল অঙকপা।
নংগী নগুণ থাবদা।
কন্নিসু নৈত্রবা নল্লানা।
রাংকত্রা হায়না খনজেদো॥

নোংমা হৌখরে।
চহি অমা ফারক্লে ।
মতম্না অসুম চংথিবনা ।
ঙাওহনা লৈরি ফৌ চরোংদি॥

মচাগীদমক য়াজরবা মপানা।
মখোংদা হুইংকনি কীবনা।
থাজোলমা খুদেং ওয়ঁ।
ইরুজবীরে মচাবু॥

লোয়রে মচা হুপীবু ইরুজবা।
অমরোমদা চংথিগন্দা কীবনা।
মীপাই থিগনবা মপানা।
মচাবু সজাদা চেপশল্লি॥

লেপলে লুহোংবা হুমিং।
পাখৎ চাওবা মপানা।
নোমজেন হেৎখৈ চেন্না।
লোইরে থবক ইংখাং॥

লুহোংবা হুমিংনি ওসিদি।
ফম্লরে বঙ্কী মতম চানা।
লাওরকই কন্যা কন্যা হায়না।
খোল্লকউ য়াখিল্লে কন্যাদৌ॥

তিল্লমলিবা মীয়াম্না।
মথুত্তা থৌবি পাইবা য়াও।
মথুত্তা ’চ পাইবা য়াও।
চিংথোরক্লে মাওপ্পা॥

লুহোংবা লোইরে হৌজিক্তি।
লৈরমলিবা মীয়াম ।
অউন পোৎকা লোইননা।
থিল্লক্লে পোইহুগী যুমদা ॥

পোইহুগী যুমগী মমিংদি ।
ফৌগৈ হায়না কোলোইনৈ।
চংথরে ফৌ ওন্দুনা ।
ফৌগৈপিদি মহুংদা ॥

---

## থৌবাল তুরেল

থাপ্পা উরিবা ইরিলসে।
য়েংবদা ইপোম হৌহলজিদা ॥

মীৎনা হেক কুপ্পদা ।
থক থক হেক নিকইদা

চাওরবা ইপোম কয়ানা।
কাইহৌরি অপিকপা ইথংশিংদা ॥

ইপোমনা হুণ্ডাইবগী ধ্বনিদা।
লৈতনা শারি হুংশি জগোয়॥
অমুক অমুক নোক্তুনা।
মীচান্নরি লৈন্নাংশিংগা॥
হুংশিরুবদগী লৈন্নাইবু।
পুতনা চৎখ্রি ইপোমনা॥
লমজেন চেন্নবগী মওংগুম।
চেনখখ্রি শকু কল্লা॥
নংহৌরোই হায়বগী মতাগুম।
চেম্বখ্রি হন্না য়েংঙমদনা॥
চেম্বখ্রি লৈনা লৈনা।
হায়জনখ্রি থেক্লা॥
য়েল্লম্মী লাইজ ইশিংবু।
তাইবং জীব খুদিংদা॥১
মপান্দা হৌরিবা নাপীশিংনা।
য়েংলি ইশিংগী পীনহৈবা॥
থেক্লা চেল্লিবা তুরেলসে।
থৌবাল তুরেল কৌবনি॥
ফজখরেদা ওম্হোল্লা।
য়েংবদা নিক নিক লাওইদা॥

## থৌবাল ডাক্তর

ফজৈদা নিংথিজৈদা।
লেমজৈদা ডাকতরনি হায়রবা॥
ইন্দ্রি লিশিং লিশিংবু।
পুত্থনা লেপ্লি মখোংনা॥
মী উথিনি চিংনবদগী।
লোৎচরি মপারী মমোমসিংবু॥
মচাগীদমক খনবদা।
অহিং মীৎসেন থাংজগ্নি।
মতম নাইনা নিাতগী।
হৌরো হৌরো হৌদোক্লি॥
হৌগৎতুনা মপাবী মমোমসিং।
থকচরি থুম্নবা অমৃত॥
অমৃত থোয়াং থক্তুনা।
কোকচরি অন্নাবা কয়া॥
ইমা ইবেম্মা রাণীনা।
লাওজরকই তোয়না তোয়না॥
ইমাগী ইঁবুংঙো ইবেমশা।
অমত্রবা মতমদা হায়রকউ।
ইমানা শোয়দনা ফহনগনি॥
শে শে অমৃত থকউ।

তুমিৎ খুদিংগী শীথরুদি।
ওসিগী নমাহ ঐহাক্তি।
হয়েংগী নমান্থু ঐহাক্তি॥
ইমাগী লোকতাগ ইংকোদা।
থৌবাল মামল কৌইদো।
লেমজগনি নগোমহ।
ঐগনগা অমা কংরবনি।
শিবা নাইররোয় ভাইবংদা,
অমর ওয়রবনি ঐহাক্তি॥

---

## থৌবাল কৈথেল

শারে শারে তুংথা শারে।
ইংলে ইংলে উনমুক ইংলে।
কনগ্রেদকো নংগী নগুণ,
হা থৌবাল কৈথেল।
লৈরি পৈথুনা পাকসিদা,
পৈশা ভারী ভারী।
থন্নি পাক চাওরবা হুকাপ্পা,
মথল মথলগী ফি।
কনানা য়োল্লি কানি,

কনানা অচা অথক
থাবগী লোইবা নাইদেদা,
হা থৌবাল কৈথেল।
তূমিন তুমিন লেপ্লি হূকানশিংনা,
হুজংনা পাংবা ঙমদনা।
তুমিন্না লৈরবস্থু নহাক্না,
ওইহল্লি থৌবালগী মনিমুক্তা।
মী উত্রিজৈদা ঙাল্লি,
লোম্না লোম্না পাকসিদা।
মানি নহাক অসি,
হৌদোং তুমিন লৈবনা চকু ঙম্বা।
ফজগ্রে ওন্থোক্না,
য়েংবগী পেনবা নাইদেদা।
অহিং ইচিক হুল্লকপদা,
থাবলনা হায়ফেং ফবা কাল,
থম্মোয় অসি নুংঙম্না,
ফজগ্রেদা ওন্থোক্না।
নোং ঙাল্লক্লে হৌজিক্তি,
য়াই শিংপা কাংবুনা,
সুমজিং অমমমগা লোইননা,
উকুল হৌহ্নুনা শিংপদি,
নোংমদোন আকাশ মথক্তা,
উকুল হৌবা মাল্লিদা।
হা থৌবাল কৈথেল।

---

# থৌবাল নিংথৌ

বজারদগী কয়া থাপুনা,
ঙা থেংথুনা লৈরি থৌবাল নিংথৌ ।
অচুম্বা পাম্বা মহাক্তি,
ঙাকপী হৈবসু মহাক্তি ।
কোয়েৎ শলাই য়েৎনা,
লৈতেংলি ওয়দা চিঙালৈমা ।
য়েংবদা মাৎফম হোংঙমদে,
চিঙ্কা লৈম্বা ফজেদা ।
থৌজাল হৈবা ইবুংঙোনা
কনবীরি ঐখোয় ময়ামবু ।
মহে থুগে ইবু ঙোনি,
লৌশিং শিংগে ইবুংঙোনি,
গুণ শুম্বা চেল্লবা ... ,
ইবুংঙো মাবু নিংশিংসি ।
লাই হরাওরি চহি খুদিংগী,
অরাংপা লৈতে চহিগী ।
অনৌবা রাখলগী ভগোয়,
শারি ততুনা চহিগী ।
ইবুংঙোগী অঙকপা লাইরোল,
করিগী তাদনি ঐখোয়না ।

যুমদা হৌজবা হৈ ;
হেক্কনি নোংমদি খুৎনা ।
পুন্য ফংগে হায়রবদি,
চংজরোলাও ইবুংঙোগী নাক্তা
শোয়দনা ফঙ্গনি নহাক্না,
অরান খুভমগী আশা ।
লেংবা হৌরুব্রবদি লৈবু,
লোইননবা মরেংলসি ।

---

## থৌবাল থোঙ

নখোং নিপালনা লৈতেংবা ।
খুত্তা যন্ত্র পাইরিবী ।
য়াংলেন নিপান্না থৌগনবী ।
ঈশ্বরনি হায়না খন্নরে ॥
অঙাংবা ফিজেৎ লৈতেংলিবা ।
অঙৌবা খোংউপ উপলিবী ।
লেপ্তুনতা লৌব্রবী··· ··· ।
রাই কৌবা হায়দেদো ॥
পুন্সিরক্লি মাঁরোল কয়া ।
উজরে ইমিৎসিনা ।
শোল্লি কৌবদা হায়দে ।
অমর ওয়ব্রবা থোঙ ॥

নেত্তুনা নংগী ননঙ্গল।
চৎলি পুম্বদা ঐখোয়না।
থাংবা কনবা নহাক্না
মোমোন মীনোক্তুম নোকইদো॥

নাথোকপা য়াররোয় নহাক্তি।
আইনগী মথা পোনখিবনা।
খোংদা জিঞ্জুর থাংলে।
পুন্সি বন্দি ওইরেদো॥

তম্বা ওমদে সংসার।
অমর ফংতুনসু নহাক্না।
কল্লবা মতমগা ঈরৈনা।
পুখিগদ্রা থনজেদো॥

ঐগী অসেংবা ইরনদি।
হৌজিক ওয়রিবা অসিনি।
ঙসি সিনি পাওতাক্তে।
হয়েং সিনি পাওক্লেন্দে॥

থৌবালগী খোং অঙকপা।
মতমগী ইরৈগা মাইয়োক্না।
খুত্তা যন্ত্র পাইহনা··· ।
ইশৈত্তম হুংঙাইনা শকইদো॥

শক্কদবনি ইথৈশো।
আইনগী মথাতবু পোল্লবদি।
কপ্লবসু নোক্কদবনি।
রুপগী মথা পোনবা॥

---

## থোৱাল গার্লস হায়স্কুল

নিংথিজৈদা ফজৈদা,
থোৱাল গার্লস্ হায়স্কুলসে।
ফজবা চাংজো নাইদেদা,
য়েংবদা পুক্কিংবু পেল্লিদা।
শেম্বায়মগে হোৎন্নবনি মহাক্না,
মাগী থুংশিনবা মমোমসিংবু।
খল্লি হৌজিক ফাওবা,
ওযহনগে ভাবতকী জন্নানি।
অঙকপনি হে সংসার,
তম্বা ওমদে মীওয়বা।
য়াইবা চুপকে তান্নবি মহাকপু,
কল্লবা নোংলৈ থুংশিংনা।
মনমদা মম্নোম পো,
মাইয়োক্কনি য়াল্লুংগী।

খাগুম্বা মৈরা পাই,
লমজিংবীবি মমোমশিংবু।
কপচরি তোয়না তোয়না,
মমাই নোংপোক ওন্দুনা।
হুমবাখিহৈনু মালংবা,
পশক পিকলি ইমোমশিংসে।
খানা খান্না য়েংহনা,
পাওথুমজরকই মলংনা।
করি চিনথিবী ....,
থিংগনু লুগী লম্বেল।
মালংগী পাওথুম তাবদা,
হায়থখি লৈমাইথক্তা।
ওরাং শাৎলম্বা লৈরাং,
ওসিদি কেনথ্রে লৈমাইদা।
মমোম কয়ানা কপচখি,
ইমা ইমা হায়হনা।
লান্থেংনখি মালংগা,
জয় ওইরে ওসিদি।
ওাল্লরে অমুক হন্না,
খৌবাল লমদোংগী চিদাইদা।

---

## থৌবাল পোপুলর হায়স্কুল

পোমহুনা লৈরম্বা লৈরাং,
মালং শউম ফংবদা,
ফুগাইনা শাৎপগী মতৌগুম,
শাৎলয়ে ঙসি পোপুলার হায়স্কুল ।
অঙকপনি হে তাইবং,
অস্নুম থোকউ ঊমখিবনা,
ফুগাইনা শাৎচরম্মী লৈরাং
খামুথক্তা কেমখিদো ।

ঙরাং নংনা লিরম্বা ;
মুঙাইবগী রারীদো,
ঙসি মতম অসিদা,
অমুক হন্না ফংলরোইদো ।
পাওসি তাবদা খোয়মুনা,
মুঙাইত্তবগা লোয়ননা,
কোইঙং কোইঙং ঙং,
চংজরকখি যম নিংথৌদা ।

খোইমুগী মতৌ উবদা,
পুকচেল ফাত্তবা যমদো,
মুংশিদবা ঙমখিদে,
পীনখি অমুক অনৌবা থরায় ।

ঙাল্লরে ঙসি অমুক,
ফিজেং অনি খোম্দুনা,
অঙৌবা ইনফি ইন্দুনা,
শাংলরে পোপুলার হায়স্কুল !

মতম মতম পুম্বদা,
তাকপীরম্মী মহাক্না,
ঙসিগী নহারোল নখোয়নি,
হয়েংনা জাতিগী মুম্বীনি ।

ফুগাইনা শাংলিবী লৈরাং,
তমথিবা নথুংনা হেকতুনা,
অরেম্বদা মাংহনবদি,
অসোনবীনি হায়না উসিংতবা ।

য়েংবিয়ু পোপুলার হায়স্কুলনা,
মপোক লাংওন অমদা,
কল্লবা মতমগী ইচেলগা,
মাইওক্লি ঙসি ফাও ।

---

## চাউয়াইমা হায় স্কুল

চীংগী নাপোম অমদা—,
নোংপোক পাম্বোইবীগী মশাইকোন,
ঙাল্লরে ঙসি চাওয়াইমা হায়স্কুল ।

নহাক্কী নপাকী কঁয়ানা,
মৈগী মৈরক্তা চংথুনা;
লোখোক্পা লাক্লখি ইমাবু।
ঙাক্তুনা লৈরি চাৎথুম কয়ানা,
খন্দুনা লৈরি উ পান্মী কয়া,
অকিবগী মশক কংলবা।
কত্রবশিংগী মথুক্তগা ইমাবু,
কন্নবা হোৎনবদা—,
থন্নাই থাবা ফাওবা পামুদে।
ইমাবু কন্নবা হোৎনবদা,
হুমাং মরিক শৌথিবা,
কাওববনে অপোকপী।
নপাক্কী কঁয়া চংথুনা,
ইমাবু কন্নবা হোৎনবা,
জয় ওইরে ঙাঁসিদি।
লিংখৎপীরম্বা চাউয়াইমা সিং
মাগী মমিং লৌথুনা—
থোনখি চাউয়াইমা হায়দুনা।
অচুম্বগীদমক্তদি—,
মী লিশিং লাক্তুনসু—,
নমথবা য়ারোই লৈরিমখৈ।
ফাওরে ঙসি জগৎতা,
ফুগাইনা শাৎলিবা লৈরাংসে,
শাৎহোয়ো অমর ওইনা।

# থৌবাল তোমচাৎ

ঙাল্লি ঙসি চিন্না,
কনাগী মতেং য়াওদনা।
লৈতেংলি থোং অহুম,
ঈশ্বরগী শক্তম লৌহুনা।

মীৎনা য়েংখৎখিবদা,
উম্নি অঙন্বা নাপোম।
কাহ্নুনা য়েংলুবা মতমদসু,
লৈরম্মী ঙান্দুনা শিব মহাদেব।

মসিগী নাকচি নাকচিদা,
নোক্তুনা লৈরি উপাল কয়ানা।
মনা পুংলখা উপালদগী.
পাইরক্তুনা চাক্যারি লাইশ্নাংদা।

অমুক অমুক কপ্তুনা,
শোঞরি শিবগী নাম।
নোংমা নোংমা হৌখিহুনা,
চহি শিংবুং ফাররে।

চৈরাওবা হুমিৎনি ঙসিদি,
হরাওরি নহা অহল থাক্তনা।
থৌবাল তোমচাংগী চাংদোন্দাঃ
ঈশৈ শক্তি সিবা মহাদেবনা।

মহাদেবগী শৈশক তাবদা,
কাথৎলক্লি মীনা মরি মরি।
তাহৌবা শৈশক খরদি,
হায়বগুম তৌই অসুম্না।
তাইবংদা লৈবিবা মীওইবা.
নখোয়না নিংবা অশাদো,
খোরুমলো লাও থম্মোয় শোক্লা,
থুংহনবিগে নপুক্লিং পোন্না।
ওইরে ঙসিদগী তোমচৌ,
সিবা মহাদেবগী কোহুং।

---

## থৌবাল লমদোং

মখুংদা সনানা থৌগনবী,
মরাক্তা লুপা চেল্লিবী.
ফজেদকো নহাকসে।
মাইখোং তনিক তনিক্লিবী,
মাৎচিনা লাংগোই চল্লিবী.
ফজেদকো নহাকসে।
নংনা মীৎচি খৎপনা,
খঙমত্রবা মুমশাশিংনা,
চিঙাক পিয়ু তাল্লক্লি।

শক ফজবনা মাংওইনা,
হাহ্না মীপুমদা য়োম্লুবনা,
ওইখিগদৌরে পুন্সি বন্দি।

লম্মুক্লবা থম্মোয়দা,
য়ুমশাগী খোঞ্জেল তাবদা,
উপ্না হিপগ্রে লমদোং।

মুংশিরবা তামি থিনবদা,
ঈহৌরকপা থম্মোয়দা,
আইনগী মখা পোলহনবি।

আইনগী মখা পোনখিবনা,
হুমিৎনা নোংপোক্তা খোকইবা,
অঙকপনি? নোংচুপ্তা অমুক তাখিদো।

পুকচেল চাওবা উৎতুনা,
কোক্তা হৌরম্বা শম্না,
য়ুমশাশিংদা পীজবি।

লাম্বনা খৌরাংলবা য়ুমশাশিং,
থৎতুনা অসংবা শমলাংশিং,
চারি প্রোক প্রোক লাউনা।

চৎখিবা য়াদ্রে নহাক,
খোংদা জিঞ্জুর থাংলে নহাক,
ওয়রনি পুন্সি বন্দি।

ঙরাং নিংথৌ ওয়রম্বা,
ঙসি লমলক্কী চাক্লিবা,
থংবা ঙমদে সংসারসে।

## থৌবাউ য়েরুমচিং

অতুধা চিংজাও নহাক্সে,
চাওখা সোয়ারেনগী খোইদৌনি,
হায়নৈ নংসে মীশিংনা,
সোবারেনগী যেপ্নানি।

নংগী খোঞ্জেন তাবদা,
থক থক নিকই জগৎসে।
থাংবা গুমত্রবা লাইয়াম্না,
রাকৎলৈ সোয়ারেল নিংথৌবা।

লাইয়ামগী রা তাবদা,
ওলহল্লি নংসে য়েরুম ওয়না।
গুসি য়েরুম ওন্দুনা,
য়েকমচীং হায়না মীংখৈরে।

পুকচেল চাওবসু নহাক্লি,
পীনহৈবসু নহাক্লি,
নওোন্দা হৌরক্না নশম
থদৎতুনা পী তাইবং জিবদা।

তাইবং জিব খুদিংদা,
ইনবীরি থুম্রবা অমৃত।
চহি চহি খুদিংগী,
লমথোকক্লম ওয়রি সোয়ারেলগী।

নথক্তা নেৎলি শাওদেদো,
য়োপাক্তা তৌই শাওদেদো ।
খুৎলাইগী মগুণ থংবা চীং,
মীগী য়াঙাং থংবা চীং।
তম্বীরম্মী ঐখোয়দা নহাক্কী,
পূকচেল চাওবগী "শীনহৈবা"।

---

## থৌবাল য়াইথৌ পাৎ

তাংজেংগী উচান পবেংনা,
অমম্ভা ওইবগী লিচিংনা,
ঈশ্বরগী গুণবু শোঞ্জরি।
উচাল পোকপী উচালশিংনা,
হবাও ঞ্জগোয় শাজুনা
পাৎকী দৃশ্য য়েংলি।
পাক্লবা ঈশিংগী ঈয়াইদা.
হি অমমম তোংজুনা.
থরো হেক্লি মীশিংনা।
ইন চিংবী মখৈনা.
খরাংচেৎ কয়া শেৎতুনা.
মকম খুজিংদা ইন চিংলি।

পরেং নাইনা ইনচিংবদি,
নোংমদোন আকাশ মথক্তা,
থল্লাম্মিচাক খোকপা মানগ্রেদা।
ফুগাইনা শাংপা থরোনা,
মঙক হায়র হায়রছুনা,
খোইমু লাকপ্রা য়েংজরি।
মরক মল্লা অসিদা,
ইশিংদা লৈবা ঙাশিংনা,
থবোবু নোমছুনা শান্নবি ?
থরো কৌবী লৈরাংনা,
কেনখিগদ্রা কিবনা,
মপুগী কোলোয় শোঞ্জবকই।
ঙসি ঐগী ইবান,
ঙসি ঐগী থল্লাই,
হযেংদি খংদে ঐহাক্না।
তাম্না খোঞ্জেল তাবদা,
কঙাওনবম্বী ইথংতো,
থেক্না নোনা শাবি জগোয)
হে ম্নাইখৌ পাং,
ফজবসু নহাক্নি,
খাঙমদ্রে ঐগী কলমনা।

## জগৎনাথ [ জগৎ মপু ]

হে পাখং মচাশা,
কন্নিগী ঈশ্বরবু থাজখ্রিবা,
জগৎসে ঈশ্বরনা শেম্বনি,
ঐখোয়না মঙোম্দা ভিনগনি ।

বিজ্ঞান হৈরবনি হায়ত্বনা,
হিদাক খরা পুথোক্লগা,
অনাবা খয়া কহল্লগা,
কন্নিগী ঈশ্বরবু থাজখ্রিবা ।

মার্কোনিনা পুথোক্লম্বা রান্নারলেস,
ঈশ্বরনা পুথোকপা নত্তে হায়না,
মগুণ চাওবা ঈশ্বরবু,
থাজদবা ভৌগন্থু ।

তন্নকই লাইবক্তা মাগী,
হে মার্কোনি ; চহি ৩০ সুবদা,
রান্নায়লেস হায়বা 'মা পুথোকউ ;
ওয়বা নঙোম্দা পীরবনি ।

হে মিং অহু কৌবা ডাক্তর,
চহি অহুক সুবদা,
হিদাক অহু রান্নরগা
অনাবা অহু কহল্লু ।

পুন্নমক অসিগী মরুদি,
নখোয়না পোকত্রিভৈ মমাংদা,
জগৎ অসি শেম্নবা,
ঈশ্বরনা লোয়না শেমগ্রবনি।

অওইবমক অশেংবনি,
জগৎতা ফংলিবা পোৎচৈ,
বিজ্ঞানিকশিংগী খুলাইশিং,
লৈবাক্তগী লোয়না ফংবনি।

য়োং লৈবাক্তগী ফংবনি,
সনা লৈবাক্তগী ফংবনি,
লুপা লৈবাক্তগী ফংবনি,
লৈবাক্তি ঈশ্বরনা শেম্বনি।

ঈশ্বরনা পীরম্বা অফবা ব্রাখল,
ঈশ্বরনা পীরম্বা অফবা গুণ,
নংনা পীবা ওবলবদি মীঙোন্দা,
অশেংবনি নংসে জগৎনাথনি। (জগৎ মপু)

## লোইরবা